# করিগীদমক আগষ্ট ১২দা "লাইব্রেরী নুমিৎ" পালন

মীওইবগী মমল য়াম্লবা য়াথল লৌশিং কয়ানা থম্লবা লাইব্রিক-শিং, ফিল্মশিং, মেন্যুসক্রিপশিং অমদি অতৈ অতৈ চেৎসোং কয়াবু হেক য়ান্নিবমথৈ খোমজিন্দুনা হৌজিক্কী সমাজগী মীওইশিংদা পাহন্দুনা অমদি য়েংহন্দুনা মশা মশাগী জ্ঞান হেনগৎহল্লিবা অমম্থুং তুংগী মীরোলশিংনস্মু মথং মথং পাহুনা ১দি য়েংহুনা পাম্মী পুম্মীগী চংনবী কমানা কম্নি হায়রম্বা, তৌরম্বা হায়বস্থু থওজিনহুনা মখা ত্তানা থিজিন্দুনা অমোৱা কয়া পুথোকপা য়ানবা নিয়ম চুম্না থম্লিবস্থু "লাইব্রিরিনি"।

সমাজ ১ চাওখৎহন্নবা মচাক খরগী মঙ্গুংদা শিক্ষা ফংসিনা মরুওইবনি। অমরোমদা ইজুকেশনগী থম্বায়দি লাইব্রেরিনি। শিক্ষা হায়বসি স্কুল, কলেজ ১দি ইউনিভরসিটিদা তম্লিতৈথক্তমু নত্তে অশেংবা শিক্ষাদি Formal Schooling লোইরবা মতুংদা ইশাগী বুধি-জ্ঞান হেনগৎনবা হোৎনহুনা পৃথিবীগী কদায়দা কম্নি খোল্লিবা কনানা কম্নি হায়রিবা, সমাজগী, শেল থুমগী, রাজনিতিগী পুম্নমক-শিংসি থওজিন্দুনা ইশাদা পৃথিবীগী জ্ঞান পুম্নমক লৈরিবহুনা অশেংবা শিক্ষানি হায়নৈ "ইহৈ তম্বা হায়বসে লোইবা নাইদে মাউশুমদগী হৌরগ মোংকমদা লোইগদবনি"। অস্থুম্না পুন্সিচুপ্পগী ওইনা জ্ঞান তানশিনফম ওইরিবা অশেংবা মফম অদে লাইব্রেরি-নি, শরকারগী নত্রগা লম্নাই হিংনবা থবক পায়থিবদগী অরাংবা থাক্কী মহৈ মশিং তম্বা ওমহৌজ্রবা মীওইশিংবু মপুং ফানা মহৈ তম-হুনবা য়ানবা correspondance / distance education/ open University নচিংবগী মথাদা লাইব্রিক তম্বগী মওংশি লাইব্রেরিনা মপুং ফাহনগদৌরিবনি। Adult Education গী মতেংনা ইবা পাবা হৈরুরবা মীওই/অহল কয়া ভুং কোইনা ইমবা পামবা মচাকশিং লৈতবদগী অমুক হন্না ইবা পাবা হৈতবা ওইরকই থুদোংচাদবসি থুঙ্গংশিংদা পব্লিক লাইব্রেরী মশিং য়াম্না লৈরবদি খোক্লোই।

ঙসি মনিপুরদদি শিক্ষা পীক্কম ওইখিবা মহৈ তম্বমশংশিং অয়াম্বদা লাইব্রেরিগী খুদোংচাবা লৈত্রি হায়বদি "থম্বোয় য়াওদ্রবা মী অমগুম লোয়না লৈরি" মতাংসিদা মীয়াম্না খনবিরো ! সমাজগী ওইরক্লিবা ফিভম্না ওজাশিংনশু মগোশাগুম ছাত্রশিংদা লাইরিক তাক্লিংবগী চাং য়াংলে, অমযোমদা ছাত্রশিংনা ওজানা তাকপঙুথক মতুনা মশা মতোমতা লাইব্রেরীদা মথল কয়াগী লাইরিক মনিং তম্না পাজহুনা অহেনবা জ্ঞান তানশিন্নবগী খুদোংচাবনু লৈতে। ফিভমসিনা লাইরবগী ইমুংগী অঙাংশিংনা লাইরিক তম্বদা অন্নাবা চৈথেং অমা পী, ঙসি মনিপুরগী ছাত্র ছাত্রীশিংনা ভারতকী ওইবা কমাপিটিটিভ একজামিনেসনশিংদা মায় পাকপগী চাং য়াংলিবসিগী মরুওইবা মরমশিংগী মন্নুংদা মনিপূরদা অফবা লাইব্রেরি লৈতবা অমস্নুং স্কুল, কলেজ ১স্নুং খুঙ্গংশিংগী লাইব্রেরী মতিক চানা লৈত্ত-বদগী ছাত্রশিংদা লাইরিক পাবগী হৈনবী অমা লৈহনবা ঙমদবা অসিস্নু অমনি. ঙসি বৈজ্ঞানিকশিংনা থিজিন্দুনা মীওইবদা কান্নবা পোং-চৈ কয়া পুথোক্লিবসি লাইব্রেরি লৈরমদ্রবদি ওইথোকলোই মরমদি মথোয়না থিজিনবগী থিওরিশিংহু লাইব্রেরীদা নৈনবনি অহুগা প্রাক্তিকেলনা লেবোরেটরীদা তৌথনি। লাইব্রেরীনা নহা-য়োলশিংবু লাইরিক লাইগু পাবদা থবক চিলহন্দুনা অরেমবদা মতম মাংহন্দে অমস্নুং মেশা শিজিন্নবগী চাং য়াম্না হন্থহল্লি।

পৃথিবীগী নোংচুপ্পোমগী লৈবাকশিংদা অমস্নুং ভারতকী খা থংবা রাজ্যশিংদা লাইব্রেরি ক্কজনা চাওখংল্লে, মকমতুগী মীওইশিং-দা লাইব্রেরিবু ওক্সিজেনগুম থম্নল্লে, লাইব্রেরিদগী ঐথোয়না পুম্নমক খঙবা ঙম্মী, অসি য়োনা সমাজ ১ চাওখংহনবদা চাওরবা থোদাং লৌরিবা লাইব্রেরীগী ফিভম অসে ২০গুবা শদাব্দি লোইশিল্লক্কুনা ২১গুবা শদাবদিগীদমক মতৈ লমশিংদা শেম শানল্লবা মতমশিদা ঐথোয়গী মনিপুরদা কনম্বা ফিভমদা লৈরি ? মীওই কয়ানা লাই-ব্রেরীদা চংহুনা লাইরিক পারী ? খুঙ্গংশিংদা মীয়ামগী লাইব্রেরী

মতিক চানা লৈরব্রা ? খুন্দংশিংদা কোয়না চৎপা লাইব্রেরীগী মচেৎনা মীয়ামদা লাইরিকী থুদোংচাবা ফংনবা হোৎনবিরব্রা ? অতৈ রাজ্যশিংদা লৈনবগুম মনিপুর ষ্টেটসিগী মতিক চাবা লেমজনিংঙাই ওইনা লাইব্রেরীগী শংলেন লৈকব্রা ? সিনেমা হোল, ভিদিও সেন্টর ১দি য়ু থককমশিংদা মীয়াম্‌ পুনবগুম লাইব্রেরীদা লাইরিকীদমক পুনবা থেংনবীরবরা ? মথক্কী রাহংশিং অসিগী মতিক চারবা পাউখুমদি মীয়ামদা লাইব্রেরীগী ঈহৌ অমা শাগৎতুনা লাইব্রেরী করিনো. মসিদা সমাজদা কয়ি ক রৈ হায়বনচিংবা খঙহন্বা অদুতনা ওইগনি। ভারতকী ষ্টেট মঙাদা মশাগী ওইবা লাইব্রেরী এক্ট চৎনহুনা লাইব্রেরী চাওখৎহনবগী শেনফম বজেট শেম্বদা হাপতুনা মীয়ামদা লাইব্রেরীগী কান্নবা ফংহনখ্রে, প্রাইমারি, হায় ১দি হায়ার সেকেন্দরী স্কুলশিংদগী ছাত্রশিংবু লাইব্রেরীদা চাং মাইনা চংবগী হৈনবী লৈহল্লক্লবনা কলেজদা ১দি ইউনিভর্সিটিদা লাইরিক পাবগী হৈনবী শাগৎপা ওমত্রে থায়নগী মওংদা লাইব্রেরীয়ানশিংবু লাইরিক শঙবা মী অমগুম শিজিন্নবীবনা পুক্লিংদা নিংহন্নবা কয়াসু ফাওরক্লবা মত্তে, স্কুল কলেজগী ছাত্রশিংদগী লাইব্রেরীগীদমকতা লৌরিবা ফী সরকারনা লাইব্রেরীগীদমক শিজিন্নবা উদে। পুম্নমক-শিং অসিনা মনিপুরদদি লাইব্রেরি হায়বসি পুম্নমক্তা নিংবা ফাই-নিংঙাই ওইরি। মরমশিং অসিদগী ইরমদম মনিপুর অসিদা লাই-ব্রেরী চাওখৎহন্দুনা জাতি অসিগী থাক রাংখৎহনবদা মতেং পাং-নবা মনিপুর লাইব্রেরি এসোসিয়েসন লিংখৎতুনা অসিগুম্বা মখলগী থৌরমশিং অসি মথং মথং শিজ্ঞবনি।

ভারতত্তা লাইব্রেরী রাখল্লোন অমা কন্না শাগৎপিরম্বা মুপা অদুগী মমিং শিয়ালি রামামৃতা রঙ্গনাথন কৌই, মহাক ১৮৯২ গী আগষ্টকী তাং ৯ দা মাদ্রাজগী শিয়ালি হায়বা মফমদুদা পোকখি, অদুবু মাগী পোকপা নুমিৎ অসি ওফিসিয়েল ওইবা তাং ১২ দা ওইখি। মহাক্না কৎথোকপগা লোয়ননা ভারতত্তা লাইব্রেরী চাউ-

থংহৃন্নবগীদমক অয়েপ্পা। লৈতনা হোৎনখিবা অমদি মানা তৌরম্বা থবক্‌শিংদা শিংথারক্লনা মহাকপু ডোক্টরেট ডিগ্রী অমসুং পদ্মশ্রী মীংথোল পীক্লনা মমৈথংদা Padam Sri Dr. S R. Ranganathan, Father of Indian Library হায়না খঙনখি। শক-লাইরবা মুপা অসিগী মপোক নুমিৎ আগষ্ট ১২ বু লাইব্রেরীগী নুমিৎ হায়না ভারত শিনবা থুংনা পালন তৌনরি।

মনিপুরদদু হৌখিবা চহি ১৯৮৭ তগী হৌনা মীয়ামদা লাইব্রেরীবু শকখাকপা অমদি মসিগী কান্নবা খঙহন্নবা পান্দমগী মথাদা মনিপুর লাইব্রেরি এসোসিয়েসন্না শিন্দুনা আগষ্ট ১২ অসিবু পালন তৌরক্লি। কুমসিন্নু মাগী ৯৬ শুবা মপোক নুমিৎকী পালন অসি চৎথরী, লেপ্তুনা চৎথগনি। ঙসিদি মনিপূরগীসু রাজ্য থরদা লৈন-থগুম মশাগী লাইব্রেরী এক্ট য়ান্না থুনা লৈরগনি মসিগীমদক চৎলি-বা থা আগষ্টকী তাং ১, ১৯৮৮ নিংথৌকাবা নুমিত্তা, মনিপুর বিধান সভানা "মনিপুর লাইব্রেরি বিল, ১৯৮৮" পাস তৌরে, বিল অসিনা এক্ট ওইনা চৎনরবা মতুং চহি থরগী মনুংদ, মনিপুরদা লাইব্রেরী চাওখৎসন্থুনা পব্লিক লাইব্রেরীগী নেটৱার্ক ১ লৈরক-পগা। লোয়মনা মনিপুরগী মীয়ামদা পাক শন্না লাইব্রেরীগী থুদোং চাবা পীবা ঙম্নগনি, লাইব্রেরিগী মতেংনা মীয়াম্বু অশেংবা শিক্ষা পীক্লনা মরুওইবা ইরমদমসিগী তুংগী য়ুম্বীরেল ওইরকদব ছাত্র ছাত্রী মহারোলশিং পুম্নমক অফবা, জ্ঞান লৈবা, লাইরিক লাইশু হৈবা, মীকোক থোংবা, সমাজগী মাথল থমবা ঙাক্তা ওইহনসি, লাইব্রেরী জ্ঞানগী ঈফুৎনি, লৌশিংগী মঙালনি। থৌয়াং অসিবু চাও-খৎপা পাবা খুদিংমক্লা ইশা ইশাগী দায়ত্ব লৌবিক্লনা মপুং ফাহনসি

ইম্ফাল
তাং ১০-৮-১৯৮৮

জেঃ সেক্রেঃ কেঃ চাওবা
মনিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন

# -লাইরিক-

অনন্দমোহোম*

মীওইবগী পুন্সিদা থাইদগী মরু ওইবা মীংনা উবা পোৎশক অমত্তং শনবা তারবদি লাইরিকনি হায়বা তাই। নোংমগী ত্তাইয়ফদনা চত্তদবা য়াত্রবা শেংন-চানবদগী হেন্দোক্কুনা সনা-লুপা, হীরা মনি-মুক্তানচিংবদগী মথক্তা মহৌশাগী ওইবা অমম-অত্তান, অঙৌং-অশা, মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ পুম্নমক লাইরিকী মতেঙনা ঙমদব ত্তজিক্কী মতমদা ইরৈবু লৈত্রে হায়বা য়ায়বনি। অমম্বোমদা অমুক পৃথিবী অসি মাঙ তারুবগী মচাঙস্ত লাইরিকী মতেংদগী থোক্লকই শাগ্রবা মৈশা উনমুক ঈংচনবা, উনমুক ঈংগ্রববুস্ত মৈমুক শাহনব, শাস্ত শাদবা, ঈংস্ত ঈংদব ওইনা লৈহনবা ঙম্মসি লাইরিকী মতেংদগী উবা-তাবা ফংতি। থা কয়াগী থোঙচৎ লম্বীবু পুং খরতগী ওইহনবা, নোংমদোন্দ উচেক্কুম পাইবা, লাপ-ঞ্জবা মফমদা লৈনা মীগা কোন্না বান্না-রাজাই শাবা, মীৎ-কুপকী মগুংদা ঈ পাউ চংনবা ঙম্ব, সমুদ্র কয়াগী ঈরাংমদা থোক্লবা থোদোক কয়া-কয়া থুদক্তা নাকোংনা তশেং তশেংনা ক্তাবা, মীৎনা শং-শং উবা ফংনরি। পুম্নমক অসি লাইরিকী মতেংনা ঙাকনি। লাইরিকী মতেংনা অরা-মুচাই ঈপ ক্তা তাউহল্লি। মসি করি-করম্বনো হায়ব অসি হংনিঙাই রাহংনি। শম্ম: লাইরিক হায়বসি করিনো? অতুগা মাগী মগুন ওইরিবনা করি করিনো? মরমদি থবক পুম্নমক অসিদি মীনা ত্তোথনি, মীগী থৌশিল থৌরাংনি।

---

* ষ্টেট লাইব্রেরিগী অহানবা লাইব্রেরিয়ান

পাউথুমসু অহুম্না শস্মি-তেজি। লাইরিক হায়বসি মাগী মকোক্তগী থোকপা বুদ্ধি-কৌশিং-জ্ঞানগী পন্নীংছু তুংশিন্দুনা পৈশিন্দুন, থোমজিন্দুনা ৎম্না পুক্কে কংগৈ অমনি। মীনা তৌরিবনা লাইরিককা রাকমহু থবক ওইনা পুথোকপনি। মীদি শিবা লাই, মানা শিগ্রগা অহুম লোইরে, লাইরিক্তি শিবা-নাঙবা লৈত্রে। অহুনা অযবা চাইরিক্তি মঙল লৈরে। মীগী তাইবংপানবা আসদা তৌবা মথোয়গী কোক্কী দান অমনি।

নীংশিংবদা লেপ্পা হুমত্রবা থাম্না বৈদিক যুগকী মতম ফাওবদা হায়বা পোংশক অসি লেরমদে। বেদ অসি চাংফাদা লৈরম্মী। লাইরিক ঋ য অমদগী ঋষি অমদা, মুণি অমদগী মুণি অমদা মথং মথং চৌনফা শিন্নরকই। মতমহুগী মগুনাদ শ্রুতিবোধ তাবগা হেক্কা থগুবা, অমুক হন্ন হেক্কা হায়বা ওথা আসনি মাসনা ভারতবর্ষগী মুণি ঋষি, সাধকাশংগী থোইদোকপা গুন ওইরম্মী। খৃষ্টগী শতাব্দা ১১/১২ গুবা বঙ্গদেশদা সেন বংশনা পানবা মতমদা কবি জয়দেবনা লুচিংবা পঞ্চরত্ন সভাগী মহুংদা কাব ধোয়ি (ধোয়ী) নচিংবা কয়াম্ন গুন আস লৈরম্মী খৃষ্টগী শতাব্দী ১৫/১৬গুবদা নিমাই পাণ্ডত (গোরাঙ্গনা ক.শ্মীরী দিগ্বিজয়ীগী খুদক্কা লেংবা গঙ্গা স্তোত্রবু খুদক্কা হন্না অমুক থীজুনা স্তোত্রহুগী দোষ-গুন বিচার তৌখি। অহুমক্কসু চৌনফা পুবা ওবগী গুন লৈরবগী খুদমনি।

উারষ্যাগী নিংখৌ প্রতাপরুদ্রনা বঙ্গদেশদগী পুথিবা শঙ্কর ভাষ্যবেদান্তবদা সর্ব্বভৌম ভটচার্য্যনা মিথিলাদ ন্যায় শাস্ত্র তংলুগা চৌনফা পুহুনা হল্লুরবদা বঙ্গদেশদা লাইরিক ওইনা ইথোক্লগা তম্নহনখিবনি। মতমহুদা মিথিলাদি সংস্কৃত তম্নবা

মরুম অথোক্পিবা অমা ওইরম্মী। মিথিলাদা লাইব্রেরি তম্বশিংমু ভম' কোইবগা লাইব্রেরি অমত্তা মিথিলাগী রাংমদা পুথোকখ্রমম্লে মিথিলাগী মহৈশ্বী মখুণ চা' তারক্লনি হায়বগীদমক্লি। মসিমা ভূ রক্তবাসীশিংগী থোইদোকপা খুন লৈরম্বগী রাফমনি।

ত্রেতা দ্বাপুর যুগকী মতমদগীদি লাইব্রেরি থোক্লক্লে বালমী-কীনা রামায়ন ইরে, বেদব্য সনা পুম্না লৈরম্বা চীনফাগী বেদমু ঋক, সাম, যজুঃ, অথর্ব হায়না মরী থোক্না থায়দোক্লনা লাইব্রেরিকী মওংদা পুথোক্লে। মতুং ইনবা লাইব্রেরি কয়াস্ত্র মথং মথং থোরক্লে। বেদবু থায়দোকই হায়ত্থনা বেদব্যাস অমসি ব্যাসদেব হায়না কৌরখিবনি। থাঙ্গেশেংবা মিংদি কৃষ্ণদ্বৈপায়ন কোই। পরাশর মুণিগী মচানি' যমুনা ঈয়ায়দা ঈথং শেমত্থরা মৎস গন্ধ (সত্যবতী) গী গদর্ভদা পোকপনি। মতো অম্থুম্না ভারবর্ষদা লাইব্রেরি থোক্লকপা হৌরকই মসিনা ভারতবর্ষতগী রালি। অহুম্নদি ওঈরগা খৃষ্টগীদি রাম্ন' মমাঙগী রালি মতো অমুম তৌরত্থনা পৃথিবীদা লাইব্রেরি হায়বালি লৈবা হৌরকই। লাইব্রেরিকী লংলালংজি থরদং কাঙবতনি।

ঐখোয়মা লাইব্রেরি অমা পারগা' থরদং থন্থরগদি লাইব্রেরি অহু ইরিবা মহাক অহু করব। মীশক-মীওংনো, মানা পাম্মীবমা করিমো হায়বা চাউরাকপা অমা লাকশিনবা ঙম্মী। কালিদাস, সেকস্পিয়ার, নিউটন, রাসর্রার্ড, রবীন্দ্রনাথ, টমাস হার্ডি, বঙ্কি-মচন্দ্র, প্রেমচান্দ অসিনচিংবা থ্বাইনা মুপ্পা থঙনরবা মীশকশিংদুগী হৌরদ্রনা মশীং থাবগী লোইত্রবা লাইব্রেরি ইবা কয়ামুক ফুল্লিবু মখোয়মা ইরম্বা লাইব্রেরিকী মতেংনা করম্বা মীশক্লে, হায়বা থঙবনা অয়াম্বনি। উনা-খেংনহৌত্থনা থঙবা য়ামদে। মখোয়গী কলমদগী

মখোইগু থঙনবনি। লাইব্রেরিক কয়ামুক পায়গা মচাক লৈবা, মশক নাইবা মীশিং থঙবা ওঙ্মী হায়বা খুদম থরদংগী য়ানি।

মশীং লাকণ্ডমত্রবা পৃথিবীগী লাইব্রেরিক অসি হুজিক্তি মথল ১০ থোক্ক থায়দোক্লে :—সাধারনগী, ধর্ম্মগী, দর্শনগী, সমাজগী, লোনগী, বিজ্ঞানগী, খুৎশাহৈবগী, কলাগী, সাহিত্যগী ইতিহাস ভুগোল জীবন চরিত লমতু কোয়বগী অসিনচিংবা। ঐখোয়না পারিবা লাইব্রেরিক অসি মখোয়শিং অসিগী মচুংদগী অমনি। অচুদা খুইদগী সুবা অমসুং চেকশিনগদবদি লাইব্রেরিক থনবসিনি। লাইব্রেরিক থনবা অরায়বা নত্তে। করিগুম্বা লাইব্রেরিক অমগী মমিংনা মমথ'ক তৌখিল্লুনা পাকমথৈ পায়গা কায়বা ফংদনা তোকপা কোঙ্গায়নি। অতুগা অমমোমদা লাইব্রেরিক অমনা মীগী পুন্সি শেম্বা লমজিং ওইখিবসু লৈতবা নত্তে। গান্ধী-জীমক রস্কিনগী 'অণ্টু দি লাষ্ট' হায়বা পীকত্রবা লাইব্রেরিক অমনা লমজিং ওইখি হায়না ব পূজী মশানা হায়রম্মী। অতুনা লাইব্রেরিক থমবদা ভাব তারকত্রব, চময়রব মতাঙদ ঐনা পা জবা মশক নাইবা মীশক অমগী পুন্সি য়ারী পাবা যাম্না কাম্নে লাইব্রেরিক অতুদা মীশক মহাক অহুগী লমজিং ওইখিবা মরম থর শোয়দনা য়াওরমগনি।

অশুম্না থল্লবা লাইব্রেরিক অহু পাবা মতমদা লাইব্রেরিকতুগী য়াহৌদোক হায়না পাবা য়াম্ন কাম্নে মতুদা লাইব্রেরিক্কুগী মগুন, য়াওরিবা মচাক, ইরিব মহাক্কুগী মরমদা থরদং শোয়দনা য়াওরমগনি। অতুনা য়াহৌদোক ইবা মীশক্তি মশক নাইবা মী ওই-গল্লি। মথংদা ঈশাগী কায়বা থন্দুনা লাইব্রেরিক্কুগী ইন্দেক্স য়েংল্লুনা পারবদি অমুকা হেন্ন খুদোংচায়, মতম ওইজবা হেল্লি ইংরেজী লাইব্রেরিক অয়াম্বদি ইন্দেক্স য়াওবা মরম্না পারিবা মীদা খুদোং চাহল্লি।

লাইব্রিক অমগী মনুংদা পারিবা মী অমুনা লৌবা ঙম-গদবনি য়ামদে। পুস্তক অমু পুবা থাংবা ঙম্মকতবদগীনি। সাহিত্য, ধর্ম্মশাচংবগী লম্বীদাদ মচং ওইবা খরদংতা লৌমবনা অয়াম্বনি।

লাইব্রিক্কা মীবু শেম্মী। অমুমা য়াম্না চেকশিন্না লৌশিনবা তাই। পৃথিবীগী লাইব্রিক য়াম্ব মরম্না "সারং ত তঃ গ্রাহ্যম" মচি ওইবতা লৌ হায়বনি মন্ত্রগী মশক্কি।

---

# জাতিগী লাইব্রেরী

সাপম সিবদাস সিংহ
লাইব্রেরীয়ান, পি, জি. টি, কলেজ,

শিক্ষা ঐখোয়মা পুন্সি লীশাং চুপ্পা মহৈ তম্ফম শঙশিংদগী ঙাক্তা ফংগনি হায়বসি অচুম্বা ওইরোই। ইশা ইথক্তগী পাঠৈস্তু লৈতবা নত্তে। অসিগুম্বা মথলগী পাম্বৈ অমদি পব্লিক লাই-ব্রেরিনি। লাইব্রেরি হায়রগা ঐখোয়মা পুস্তক্কী ওইবা লেপ্পা নাইদবা ইশা ইথক্তবু শিক্ষা পিজববু খঙনৈ। মরম অসিনা জাতিগী শিক্ষাগী মথক্তা পব্লিক লাইব্রেরী পথাপম্বু চংদবা য়াদব। অমা ওইনা য়াওহনগদবনি। পব্লিক লাইব্রেরীগী পথাপ য়াওদবা শিক্ষা পথাপতি য়ুমথক কুপ্পবা লৈতানগী য়ুমগা পাংখক্লি। রাথল অসি হৌখিবা শতাব্দী, কমপলসরি ইডুকেসন হৌদোক্লম্বা ইংলন্দগুম্বা লৈবাক্তা অহানবা পৃথিবীগী লাইব্রেরী কাওবদি খঙনরমদে। লাইব্রেরী

অতুদা লাল থেংনরিবা শিকাইশিং অহু অয়াম্বা ইবা পাবা কৈতবা মীশকশিংনা তেম্না লৈরমই। অসিগুম্বা মওং অসিবু চুমথোক্নব-গীদমক্তা ইন্ডকেসনতগী ওইবা সেক্রেটরি ওফ ষ্টেট হায়বা পোষ্ট অমা শেম্লমই অমস্তুং অসি য়েংশিন্নবগী কমিশন অমা প্রোফেসর অদামগী লিচিং মথাদা শেম্লম্মী। মহাক্কী রিপোর্টকী ফল ওইনা লৈবাক্কী কাচিন কোয়া, সহর অমদি খুঙ্গংশিংদা পব্লিক লাই-ব্রেরিগী খুদোংচাবা ফংহল্লম্মী।

জাতিগী ওইবা লাইব্রেরি ( নেসনেল লাইব্রেরি )গী ব্রাথল অসি পব্লিক লাইব্রেরীগা চাংদম্নকবদি য়াম্না কুইড্রি (ইনৌ নৌরি) চহ্. সহর, মফৈ তম্ফমশংনচিংবা পাম্বৈশিংনা (এজেন্সি) মীয়াম-শিংগীদমক্তা মরানাইগী ওইদনবগীদমক্তদি মতুনা লাইরিক থোম-জিনবা তৌখিবদগী লাইব্রেরীগী ব্রাথল অসি পুথোক্নরকখি। অসি-গুম্বা মথলগী লাইব্রেরী অসি য়াম্না কুইয়বা মতমদগীনি। ঐথোয় মা মালান্দা, অলেকজেন্দ্রিয় অমস্তুং অতোপ্পা থাইমগী গ্রীস মিস্তল ঈষ্টন সিভিলাইজেশননচিংবগী মতমদা লাইব্রেরী লৈরম্বগী খুদম ফংই। লাইব্রেরীশিং অসিদা অহানবা লাইরিক (রিটন দোকু-মেণ্ট) ওইনা পুক্কে লনপৈ কয়ামরুম মীশিংনা শিজিন্নবগীদমক্তা লৌহ্নুনা থম্মী। অসিগুম্বা লাইব্রেরীশিং অসিনা মতম অতুদম্ম চৌজিক্কী মতৌগুম্বা থবক তোই। ছাপা ময়েক পুথোরক্নবা মতমদা, মরু ওইনা ব্রাথল অমস্তুং বুদ্ধিগী থবক পাকথোক চাও-থোরকপগা লোয়ননা চহি চামরোমগী মতুংদগীদি লাইরিক ইবগী থবক অসিবু অঙকপা ফংনা হেক্কংলকপনি। থাইনা মমাং-তৈদদি লাইরিকশিং অসি খুৎনা য়াম্না ব্রানা অমস্তুং মতম চংনা শিন্দোক্নরমই। লাইরিকশিংগী মশীংস্তু থরতমক ওইরমই। লাই-ব্রেরীদা থমলমইবা লাইরিকশিংবু শিজিন্নরিবা অমস্তুং লাইব্রেরীবু

শিল্লাংলিবা মীওইশিংনা করি করি লাইরিক ইল্লবগে হায়বত্থু পারিবাশিংদা ইরাই লাইনা খণ্ডনবা ঙম্মদে। হৌজিকী মতমদদি মীশিংশিনা চেকশিন্না য়েংশিনদরবস্থু হায়রম (সবজেক) অমদা য়াওরিবা অইবা নত্রগা ছাপা নখা মরেকশিংগী মমিং খণ্ডনোকপা ঙমই। অহোংবা অসিগা ইয়োইননা লাইব্রেরীনা পুরবা পোৎলুম অতুস্থু হোংলকখি। মমাংঙৈগী মতমদদি লাইব্রেরীগী মখো অসি শিজিন্নগদৌরিবা মী অতুগী অইবা অমম্মুং পৈশনবভমক ওইরম্মী। অতুবু হৌজিকা মতমদদি লাইব্রেরীগী মখৌ অসি লৌশিং অমস্থুং জ্ঞান তানশিল্লবা মীওইশিং অতুগী মতেং অমস্থুং লমজিং পীবদা নত্তনা মানা পামলিবা ফংবদি ঙমদ্রিবা বিষয় অতুগী জ্ঞান পীবস্থু ঙমহল্লে।

হৌজিকী মতমদদি ঙরাংদা লাইনা ফংলম্বা লাইরিক হয়েংদি ফংবদা রাবা লাইরিক অমা ওইরক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। অতুগা লাইরিক পুথোক্লিবা কাংবুশিংনবু নিংথিজনা মরাং কাইনা অমুক হন্না পুথোককে খল্লদবস্থু য়াই। জাতিগী লাইব্রেরী লৈহনবগী রাখল অাস মরুওইবা মচাকশিং কয়া অতাংবা অমস্থুং ফংলরোইদবা পোৎশক ওইথিগদরা হায়না কিবদগী থোরকখিবানি। লাইব্রেরীয়ান অমগী মখৌ অসি লাইরিক শেম্নবা অমা ওইনা লৈরম্বদগা লৌশিং জ্ঞান তানশিল্লিবা মীশংগী লনজিংবিন্না অমস্থুং মতেং পীবদা নত্তনা মী কয়া কয়াগী জ্ঞানগী পুক্কে চেকাশিন্না থমজিনবগী থবকস্থু তৌরে। অস্থুম্না লাইব্রেরীয়ানগী মথৌদা কয়া হোংলকপদগী হৌজিকী লাইব্রেরী মেনেজমেন্টগী সাইন্স অসি পুথোক্লকখি। লাইরিক শেম্নরিবা মী অতুগী তোঙান তোঙানবা মথৌদাংশিং অতু মপুংফাহনবা অমস্থুং লাইরিক পারিবা মীশিংদা থুদোংচাবা চপ চানা পীনবগীদমক্তা লাইব্রেরী

অসি মখল কয়ামুক থোক্লা থাইদোকপা য়াই মহুদি নেসনেল লাইব্রেরী পব্লিক লাইব্রেরী একাদেমীক লাইব্রেরী, স্পেসিয়েল লাইব্রেরী অসিনচিংবা লাইব্রেরীবু অসুম মখল কয়ামুক থোক্লা থাইদোকপগী মরমদি কনাগুম্বা খোইদোকপা কাংলুপ থম্বু শেল তিংহন্দনা থবক অময়া অময়া য়েংশিন্নবা লৈতন্দনা থবকী কান্নবা লীনবগীদমক্তনি।

জাতিগী লাইব্রেরী ফ্রান্সতা ইংশোক ১৫৩৪, ইংলণ্ডদা ১৭৫৯ অমসুং ইউ: এস: এ.দা ১৮০০ দা হৌদোকাখি। ভারতকী ব্রিটিশ সরকারনা ইহান চান্না ইম্পারিয়্যাল লাইব্রেরী ভারতকী হেড কাটর কলকটাদগী দিল্লিদা হোংদোকপগী ইমপীরিয়্যাল লাইব্রেরী অসিদি হাম্নগুম্না কলকটাদা অতুম লৈরি।

থুনমক ভারতনা নীংথা তম্লবা মতুংদা কেন্দ্র সরকারনা আইন অমা পাস তৌদুনা ইমপারিয়্যাল লাইব্রেরী অদু নেসনেল লাইব্রেরী হায়না মমিং শন্দোকখি। অদুগা লোইননা লাইব্রেরী অদুগী লৈকমসু এসপ্লানেডতগী ভাইসরোয়গী লৈফম বেলভেদরদা হোংদোকখি। অসুম্না লাইব্রেরী অসিগী মমিংদা অহোংবা অমা পুরক্লবসু মখোয়দি হোংদে।

লাইব্রেরীদা মীওইবগী লোইবা লৈত্রবা জ্ঞান থিজিনবা, তামশিনবগী মহৈ ওইনা চহি চা কয়া অসি লেপ্পা লৈতনা চাওখৎলক্লি। হৌজিক্কী অথীংবা লৈত্রবা সমাজসিদদি লাইব্রেরী অমদা লৈরিবা লাইব্রিকনা মীওইবগী ইমাজিনেশন অমসুং ইনভেনশনবু অরাংবা থাক্তা থাঙৎনবগী শক্তি য়াওরিবনি। লাইব্রিক্লা অচুম্বমক হৌখিবগী মরী লৈনহল্লি, হৌজিক মতমগী হৌফম ওইহল্লি অমসুং তুংগীদমক্তা লমজিং মৈরা ওইরি।

The Delivery of books and newspapers ( Public libraries ) Act, 1954, পাস তৌখিবগা লোইননা লৈবাক অসিগী পব্লিসরশিংনা ফোংবা লাইরিক অমদি পেরিওদিকেল কপি অমমমদি নেসনেল লাইব্রেরি, কলকটাদা ফোংবাদগী তুমিং ৩০ নিগী মনুংদ দিপোজিত তৌগদবনি, দিল্লি পাব্লিক লাইব্রেরী, মসিগী মখক্তা কপি অমনম অমম্তু কোন্নেমারা পব্লিক লাইব্রেরী মদ্রাজ অমসুং সেন্ট্রেল লাইব্রেরী বোম্বেদা এক্ত অসিগী মথাদা থম্বা তাই। অদুবু মসি কদাই ফাওবা মনিপুরগী পব্লিসর শিংনা চংপীরবগে হায়বগী চিংনিঙ্গাই ওই। এক্ত অসি পাস তৌখিবা চহি ৩৩ রোম শুরে অদুনদি মনিপুরদা চহি অমদা বিষয় কয়াদা কায় কায় লাইরিক পুস্তকশিংবগে থওবগা লোইননা শাস ফংবদা হাপচিল্লকইবা বিষয় কয়ামুক্তী লাইরিক থওফম লোকই।

— — —

# পাঙ্ত খর

নেসনেল লাইব্রেরী চয়োল :–

★ বিহারগী ধনবাদতা কালিফাইড লাইব্রেরি এসোসিএসনা শিন্দুনা নবেম্বরগী ২০,১৯৮৭ দা নেসনেল লাইব্রেরী চয়োল পালগ তৌখি। থৌরম অদুদা লাইব্রেরী চাউখৎহনবগী মতাংদা থওহৈরবা মীওই কয়ানা যা তাখি।

✱ সিটি সেন্ট্রেল লাইব্রেরী, হায়দ্রাবাদনা শিন্দুনা নেসনেল লাইব্রেরী চয়োল নবেম্বর ১৪,১৯৮৭ দা পব্লিক লাইব্রেরীগী মিনি: ষ্টর শ্রীপি: ইন্দ্র রেড্ডিনা চীফ গেষ্ট ওইদুনা পাংথোকখি। অন্ধ্র প্রদেশকী পব্লিক লাইব্রেরী দাইরেক্তর শ্রীকৃষ্ণমূর্ত্তিনা লাইব্রেরীগী মঙ্গাংদা বা ঙাংখি। একাডেমী ওফ লাইব্রেরী সাইন্স এন্দ ডোকুমেন্টেসন ডিষ্ট্রীক লাইব্রেরী এসোসিএসন অমসুং জীল্লা গ্রানথালায়া সমস্তামসু লাইব্রেরীগী চয়োল পালন তৌখি।

## সেমিনার

পব্লিক লাইব্রেরীজ এন্দ চেঞ্জিং দাইমেন্সন ইন ইডুকেসন হায়বা হিরম অসিদা রাজকিয়া পব্লিক লাইব্রেরী অমসুং গোবিন্দ বল্লাভ পান্ট সামাজীক বীজ্ঞান সামথম এলাহাবাডনা শিন্দুনা ১৯৮৮ গী ফেব্রুয়ারী ২৮,২৯ দা নেসনেল লেভেলগী ওইবা সেমিনার পাংথোকল্লে।

## লাইব্রেরী সাইন্স কোরস

বি, লিব. ১, অন্দমান অমসুং নিকোবরগী ইডুকেসন ডিরেক্টো-রেটনা পোনডিচরী সেন্ট্রেল ইউনিভরসিটিগী মথাদা ১৯৮৭ ৮৮গী সেসনদগী হৌনা বেচেল্লর ওফ লাইব্রেরী এন্দ ইনফোর্মেসন সাইন্সকী কোর্স হাংদোকল্লে। ছাত্র ৫ মীং চনখি।

২। মহারাষ্ট্রাগী অমরাবতি ইউনিভরসিতি অমসুং বিদ্যা ভারতি কলেজ, অমরাবতিদসু বি, লিব, হাংল্লে ছাত্র ২৫ সুং ৩০ মীং চনখি। সাওরাষ্ট্রা ইউনিভর, রাজকোট, মাঙ্গালর ইউনিভরসিটিদা মাষ্টর ওফ লাইব্রেরী ইনফোরমেসন সাইন্সকী কোর্স হাংদোকল্লে।

## এম: ফিল

ডিপার্ত্তমেন্ট ওফ লাইব্রেরী এন্দ ইনফোরমেসন সাইন্স গুলবারগা ইউনিভরসিটি লাইব্রেরী এন্দ ইনফোরমেসন সাইন্সকী এম ফিল প্রোগ্রাম হৌল্লে।

* মীজোরাম লাইব্রেরী এ'সোসিএসন অক্টোবর ২৩,১৯৮৭ দা স্টেট লাইব্রেরীগী লাইব্রেরীয়ান শ্রী: সি: লিয়ামজ্জামা অমসুং বোর্ড ওফ স্কুল ইদুকেসনগী লাইব্রেরিয়ান মিঃ লিয়াসাইলোভা মা মথংশিংনা প্রেসিডেন্ট ওইদুনা শেমল্লে।

* সোভিয়েট ইউনিয়নদা লৈরা লেনিন স্টেট লাইব্রেরীনা লোগা মরী লৈনবা লাইব্রিকশিং, ডিগ্রেশিং, স্টেট অমসুং নেসনেল লাইব্রেরীগা মরী লৈনবা বিষয়শিং পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদগী খোমগৎনবা থৌরাং তৌরে। মনিপুরদমকতা লেনিন স্টেট লাইব্রেরীগী দাইরেক্তরনা চিঠি ইদুনা খঙহনবা য়াই।

* ১৯৮৭ কী সেপ্তেম্বর থাদা মোস্কোদা পাংথোকখিবা FID গী কাউনসিল মীতিংনা প্রোঃ মানসি ভিলীয়সসন তোরোনটো ইউনিভরসিতিগী লাইব্রেরী এন্দ ইনফোরমেসন সাইন্সকী ওজা ওইরিবা অসি FID গী চিয়ার পার্সন ওইনা খনল্লে।

* পাকিস্তান সরকারনা ১৯৮১ দা লাইব্রেরী চাওখৎনবা কেবিনেট কমিতি অমা শেমল্লে। ফেব্রুয়ারি ১৭,১৯৮১ দা পাংথোকখিব কমিতি অসিগী মীতিংনা মিনিষ্টর ওফ ইদুকেসননা লাইব্রেরীগী মরমদা খনলবা মীওই কয়াবু য়াওহনবা দিরেক্সন পীরে। মীওই ৭না শাবা কমিতি অমসু শেমল্লে।

## মনিপুরনা ৬ শুবা রাজ্য ওইরে।

মনিপুর বিধান সভাগী মোংজু মীফমগী আগষ্ট তাং ১ নিংথৌকাবা চুমিত্তা সদস্যশিংনা মত অমত্তা ওইনা "মনিপুর পব্লিক লাইব্রেরীজ বীল, ১৯৮৮" পাস তৌরে। মসিগা লোয়ননা মগ্নাগী ওইবা লাইব্রেরী বিল/এক্ট লৈজরবা ভারতকী রাজ্যশিংগী মনুংদা মনিপুরনা ৬ শুবা রাজ্য ওইরে।

## মেমোরেন্দম পীশিনখরে

মনিপুর ইউনিভরসিটিদা মাষ্টর ওফ লাইব্রেরী এন্দ ইনফের্মেসনকী কোর্স হাংবগী তঙাইফদবা মচাক ময়ামদু পল্লগনা মসিবু অথুবা মতমদা হাংনবা মনিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসননা ইউনিভরসিটি অাসিগী ভাইস চান্সেলরদা মেমোরেন্দম অমা পীশিনখ্রে

### "লাইব্রেরীগী মুমিৎ" পালন পাংথোকখরে.

মনিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন অমসুং পব্লিক ইনফের্মেসন সেন্তর, মোইরাং অনিনা পুন্না শিনমিন্নদুনা আগষ্ট ১২দা মোরাং গার্লস হায়স্কুলগী হোলদা "লাইব্রেরীগী মুমিৎ" পালন পাংথোকখ্রে. থৌরমদুগী রা ভাংবদা অথোইবা অতিথী ওইখিবা শিক্ষা মন্ত্রী শ্রীবাই, ইরাবত সিংহনা মীয়ামবু শিক্ষা পীবদা লাইব্রেরীগী তঙাইফদবশিংদু পল্লগনা রাজ্যগী ওইনা মতমগা চানবা অনৌবা লাইব্রেরী শত অমা শারগনি অমসুং বজেটতা ভোলুন্টরী ওর্গনাইজেসন লাইব্রেরীশিংদা মতেং পীনবগী শেলথুম হাপগনি হায়খি। থৌরমদুগী সভাপতি এম কোইরেং সিংহনা ওইখি।

য়ং রেলফেয়ার ক্লব, লাংথবাল নমুল মপালনসু লাংথবাল হায়স্কুলগী হোলদা লাইব্রেরীগী মুমিৎ পালন পাংথোকখি। থৌরমদুগী রা ভাংবদা অথোইবা অতিথি ওইখিবা বিধান সভাগী আধ্যক্ষ শ্রীরাজকুমার অচৌ সিংহ অমসুং সভাপতি ওইখিনা ডাঃ এম. নর সিংহ অনিনা সমাজদা লাইব্রেরীনা পীরিবা কাম্নথশিংদু পল্লগনা মসিগী ঈহৌ অমা থাগংনবা হোংনরিবা মনিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসনবু থাগংখি, মমাংগী চহিদা মকোক, মথং, মনাও তাখিবা লমদমদুগী স্কুলশিংগী ছাত্রশিংদা সভাপতিনা সারটিফিকেতকা কোম্না মনা মথুম য়েংথোক্লুনা থৌরমদু লোইশিনখি

য়েংথোক লৈরক্ত পুঠ ক্লব, শগোলবন্দনসু 'লাইব্রেরীগী থুমিং" পালন পাংথে কখি, মৌরকতা মনিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসনগী জেনেরেল সেক্রেটরী শ্রী কাংজম চাউবা সিংহ অমদি শ্রী নাওরেম গীরিধারী সিংহ, প্রেসিডেন্ট (মাপা)না মথ শিংনা মনিপুর পব্লিক লাইব্রেরী এক্ট, ১৯৮৮ অমসুং সমাজদা লাইব্রেরীগী কারবা ফীরবাশিংদা বা ভাংখি, খোরমহুগী সভাপতি শ্রী হাওবম মনি সিংহন ওইখি।

অরাম লাইব্রেরী, কোয়েং, কৈকাইনসু লাইব্রেরী দেগী পালন পাংখোকখি, শ্রী এল, গজেন্দ্র সিংহ জোইন্ট সেক্রেটরি (মপা)না বা ভাংখি।

লাইব্রেরী দিভলপমেন্ট কমিটি, থাঙ্গ চাংথৈ (কৈবুল লমজাউ) নসু লাইব্রেরী দেগী পালন পাংখোকখি, খোরমহুদা বা ভাংবদা মালাগী জেঃ সেক্রেটরী শ্রী কেঃ চাউবনা মাথামদা স্কুল কলেজ শিংথৎপদা থরায় মাওবতন লাইব্রেরী শিংথৎপাদসু থরায় মাওবি-নবা আমাপাল তৌখি।

— — —

# Need and Purpose of Library Legislation and Manipur

By: Th. KHOMDON SINGH
Assistant Librarian
Manipur University, Imphal—3.

(People are becoming conscious of Public Library but many do not know what is library legislation and why it is required for public libray and how the bill is passed

in Manipur Legislative Assembly. These points are highlighted in the paper. )

## 1. NEED AND PURPOSE OF LIBRARY LEGISLATION

Library Legislation is a sine qua non for establishment of a secure public library system. The very nature of the public library its scope and nature demands sound financial source. Again there are the problems of land, buildinge, gifts, donations, legacies and purchase and sale of property for the library which form part of public administration. Therefore, questions of raising funds through municipal rates and administtraon of public property do surely call for legislative sanction. Even in advanced countries growth of public libaries was facilitated through library legislation only.

Mentioning the need for Library Legislation Prof. S. Das Gupta 2 says : "It provides financial support on a stable and progessive basis The elements, structure, management and finance are so important that they should be placed on a firm footing. Otherwise the danger is that they become toys in the hands of administrator."

The Unesco Seminar 'On Public Librarise in developing countries' held in 1953 at Ibadan, Nigeria observed that "only Legislation can empower the appropriate authorities to provide the Service and ansure adequate financial support and efficient administration". The Fifteenth All India Library Conference. 1865 emphatically recommended the importance of Library Legislation.

Government of India's Planning Commission's Warking Group on Libraries, in its report of 7th. Sept. 1965, emphasized the necessity of library legislation in these words : "On one point, however, the group is unanimous and firm, namely that, there is no alternative to library legislation". 3

Prof. Mittal 4 has summed up the need for library legislation in the following points.

(a) Library Service is costly.

(b) Library Service is to be free of charge.

(c) Standard Library service is possible only through Library System.

(d) Ligislation provides administrative efficiency.

(e) Library legislation makes the public and Government responsive.

(f) Legislation enables library planning.

(g) Legisiation eliminates political dangers.

The purpose of Library Legislation is to,

(a) Create the necessary library agencies by the enactment of Library Laws.

(b) It guarantees establishment of a net work of libraries on statutory basis.

(c) It ensures stable financial support on a progressive basis.

(d) It sets up library authorities, which are responsible for staffing, administration and management of the libraries.

(e) The legislation ensures, permanent, uniform, efficient expanding and co-ordinated library service.

(f) It also pre supposes free services and make it easily accessible to potential users irrespective of their qualification and age.

No democracy can be successful without educating the citizen. Education is a life long process Public Library is the best and the cheapest means of educating the people. Adult education programme creates neoliterates. If the printed word is not supplied to neoliterates. they will relapse into illiteracy. India being a democratic country there should be Library Legislation in all the States and Territories.

Introduction of Manipur :

Manipur is situated in the North—Eastern part of India. It has been described as" a little paradise on earth" by the armed forces during world war II. Lord Irwin described it as" Switzerland of India". The beauty of its surroundings, the richness of the pasturise, the climatic similarities are the factors to match Manipur with Switzerland. Pandit Jawaharlal Nehru once described Manipur as " a jweled of India".

According to tht cansus report of India, 1981. Manipur covers an area of 22,327 sq.kms. and the totali population is 14,20,953. It is bounbed on the North by the State of Nagaland, on the South by Mizoram, on the East by Burma and on the West by Assam. It lies

between Latitude 23.83°N to 25.68° N and Longitude 93.03° to 94.78°E. The altitude of the Imphal valley is 790 Metres above sea level whils the hills rise upto 3,000 Metres above the sea level. The high hills surrounding the valleys have made Manipur difficult to access. It can only be reached by the National Highway No. 39 linking its Capital, Imphal to the rail road at Dimapur of Nagaland. The total distance is 215 kms. Another road known as New Cachar Road links Manipur with Silchar of Assam. The total distance is 225 kms. The alternatives is the air link with Calcutta and Delhi. Indian Airlines have daily Boeing services, one from Imphal to Calcutta via Silchar and another from Imphal to Delhi via Gauhati and Bagdogra

Manipur has 8 Administrative Districts, 28 Sub-Divisions and 26 Community Development Blocks.

The percentage of literacy in the state according to the 1981 census is 41.35 in 1971 cences it was only 32.91

Library Legislation in Manipur

At present there are-one State Central Library, five District Libraries, one Netaji Library at Moirang twenty-six block libraries and more than hundred club libraries scattered all over Manipur.

At the initiation of the Manipur Library Association the Manipur Public Library was introduced by Shri Y. Irabot Singh, Hon'ble Education Minister of Manipur in the Manipur Legislative Assembly session on 29 th July, 1988. While introducing the bill the Minister said

"Development of Libraries constitute an important aspect of cultural development. There is a necessity of having of a co-ordinated net work of libraries spreading down to the village levels in all regions. There is also a special need to improve the professional or more specialised libraries and to explore possibility of using them more and more to the genuinely interested readers. Libraries have assumed added importance in view of the launching of the NAEP (National Adult Education programmes) during the 6th plan period". The same bill i.e. bill No. 14 of 1988 was declared passed by the Manipur State Legislative Assembly on 1st August'88, at 12,40 p.m Thus Manipur has become the sixth statu of Indian with Library Legislation on the statute book. The other states are Madras the present Tamil Nadu (1948), Andhra Pradesh 1960). Mysore the prasent Karnataka (1965), Maharashtra (1967) and West Bengal (1979).

REFERENCES

1. KRISHNAMURTI (C S) Library Lagislation in India Procedings of the first Delhi Library Conference on Library movement in India. Delhi, 30-31 March. 1957 Delhi Library Association, Delhi 1958. P.109

2. DAS GUPTA (S). Library development of India. Library Herald. 3 : 1960 : 7-8.

3. VIGAND (P P). Public Library Legialation Conference on Public Library Development Perspectives and Staffing Pattern in Libraries and Information Centres, 31st., Delhi. 1985 Indian Library Association, New Delhi, 1985, P 56

4. MITTEL (R L). Public Library Law : An international survey. 1971. Matropolitan ; Delhi. P 6-8.

5. ROUT (R K) What, why and how of Library Legislation. In ROUT (R K), Ed. Library Lagislation in India: Problems and prospects. 1986, Reliance; New Delhi, P 130-31.

## From President K.L.A. to President MALA.

Dear Mr. Giridhari,

I was really thrilled to receive your circular conveying the news of the passing of the Manipur Public Libraries Act. The news has been conveyed to other friends also. I know the amount of work and effort that has gone into this great achievement. I congratulate the Manipur Library Association and its able leadership. Please also convey my appreciation for the good job done by your Publicity Secretary, Shri N. Ibochaoba in letting the pro fessional community in the country know about this so quickly.

With kind regards.

Yours Sincerely,
Sd/-
(C.A. Augustine)
President
KERALA LIBRARY ASSOCIATION.

---

## From Director Raja Ram Mohon Roy Lib. Foundation to Secy. MALA.

Dear Shri Chaoba Singh,

I am very glad to know that Manipur Public Libraries Bill, 1988 was passed by the Manipur Legislative Assembly on 1.8.88. Please send me a copy of the Act as soon as it is published in the gazette. Congratulations on your persistent and successful effort. Your struggle has at last borne fruit.

With regards,

Yours sincerely,
Sd/-
( B. P. Barua )

From President. Mad'as Library Assn.
To Publicity Secy. MALA.

Dear Mr Singh.

We are delighted to hear that your Library Association has played a significant part in enabling Manipur, the sixth state in India, to pass a Library Act. I am sure the Manipur Library Act will have taken into account the rich and varied experiences of the earlier Acts in the country.

I enclose a short note about our Association and a copy of the Newsletter. We should like to include a short paragraph on your library legislation and to help us write a meaningful account could you please send us a copy of the Act or a brief note for our next Newsletter due for publication in September.

I am also enclosing a note about the publication 'Public Library Services and Information Networks' which should be of interest to you.

Yours sincerely,
Sd/-
( Susseela Kumar )

**From, President, Indian Association of Special Libraries & Information Centres**

To— Gen. Secy. Mala

Dear Shri Singh,

Kindly accept my hearty contratulation for the achievement of Manipur Library Association in having got passed the Manipur Public Libraries Bill 1988 by Legislative Assembly on 1st August, 1988. It would certainly pave way in the development of libraries and its role in social upliftment in Manipur.

I would appreciate if you kindly send us a copy of the Gazettee Notification and full text of the bill enacted, in this regard, at your earliest.

The news will certainly appear in IASLIC Newsletter in August 1988 issue.

With greetings.

Yours Sincerely,
Sd/-
( S.H. Kulkarni )
Vice— President
Editor, IASLIC Newsletter

## মনিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসনগী মেম্বরশিং হান্না Souvenoir দা কোংখিবগী মথা

| SL. | Name | Category | Address/Designation |
|---|---|---|---|
| 92. | Th. Manmohini | ordinary | Semi Prof. Assistent, MU |
| 93. | Laishram Aruna | ,, | B.L.I.Sc. Student. M.U. |
| 94. | Ch. Madhubala | ,, | do |
| 95. | RK. Indubala | ,, | do |
| 96. | Ksh. Prameshwori | ,, | do |
| 97. | Rk. Usharani | ,, | do |
| 98. | Y. Jeeten | ,, | do |
| 99. | H. Manichandra | ,, | do |
| 100 | O. Pramodini | ,, | Librarian, HTTC, Imphal |
| 101 | M, Ashokumar | ,, | Public Inf, Centre, Moirang |
| 102 | N. Bimola | ,, | Librarian, Manipur womens College, Mongsangei |
| 103 | A. Biren | ,, | Librarian, Mayai Lambi |
| 104 | L. Ratna | ,, | B.L.L.Sc., Student, M.U |
| 105 | M. Ibomcha | ,, | Khurai Thongom Leirak |
| 106 | A. Nirmala | ,, | B.L.I. Sc. Student, M,U |
| 107 | T. Mamata | ,, | Librarian, Co-operative |
| 108 | S. Anita | ,, | B.L.J, Sc. Student M.U. |
| 109 | Peoples Library | Institutional | Sogolband Khamnam Bazar, Imphal. |
| 110 | H. Rajendra | ordinory | B.L,I Sc. Student M.U. |
| 111 | S. Baleshwor | ” | Chingmei, Keibul Road Moirang |

# মনিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন্না

"ইং ১৯৮৮ ৮৯ দা পায়খৎখিবা থবকশিংগী পাউদম"

(ইং ১৯৮৮, মেগী তাং ২৪ দগী ১৯৮৯ গী মেগী তাং ২৩ফাওবগী)

ইমা লৈবাক মনিপুর অসি লাইরিক লাইশু হৈবা, জ্ঞান লৈবা লৌশিং চাউবা মীওই কয়ানা থলহল্লগে তুংগী ইরমদম্নসিগী ১দি জাতিগী খুজি পায়রক্কদৌরিবা ছাত্র ছাত্রী নহারোলশিংবু লাইরিক লাইশুদা পুক্নিং লুপহন্দুনা কত্তবা লমচৎ শাজৎ কয়াদগী কলহৌরগে হায়বগী রাথলদ। পুম্নমকসিগী তুংনফম জ্ঞানগী ঈফুং লৌশিংগী মণ্ডাল ওইরিবা লাইব্রেরী চাওখৎহন্নবা ১দি মসিগী ঈহৌ কনখৎহন্নবা মনিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন্না মীয়ামগী মতেংগা লোয়ননা থবক পায়খৎলকপা চহি অসি মপুং ফারে

অনিশুবা চহিগী হৌগৎলকপদা ১শুবা ওইনা মে থাগী তাং ২৪, ইং ১৯৮৮ লৈবাকপোকপা স্নমিত্তা জিং পীঃ রমেন্দ্র কলেজগী হোলদা এসোসিয়েসন অসিনা শিন্দুনা "অনৌবা শিক্ষা পপাপ অমসুং লাইব্রেরী" হায়বা হীবমসিদা সেমিনার অমা পাংথোকখি। থোরমসিগী মরুওইবা অতিথী অমা ওইনা সেমিনার অসিবু হাংদোকপিখিবা ইকাইখুম্নজরবা শ্রী য়ুমথাম ইরাবোৎ সিংহ মনিপুরগী শিক্ষা মন্ত্রিনা এসোসিয়েসন অসিনা ফোংজবা 'লাইব্রেরীগী ঈহৌ" কৌবা থা ৩/৩ গী ওইবা চেফোং অমসুং রিলিজ তৌখি, চেফোং অসিগী পান্দমদি মনিপুরগী মীয়ামদা লাইব্রেরীগী কান্নবা খঙহন্দুনা লাইব্রেরীগী ঈহৌ শাগৎনবনি, মনিপুরগী মপান্দগী লাকপা লাইব্রেরীগী লমদা শরুকাইরবা মীওই কয়া য়াওনা দেলিগেট ২০০ রোম শরুক য়াখিবা সেমিনার অদুদা তোঙান তোঙানবা পেপর ৬ থক মীশিংনা পাথোকখি মরুওইবা সেমিনার অদু হন্না মনিপুর সরকারগী সোসিয়েল, আর্টস এন্দ কলচরগী ডাইরেক্টর ওইরম্বা প্রোঃ এলাংবম নিলকান্তনা থায়েলবা ওইখি। অসিগুম্না সেমিনার অসিগীদমক ভারততা পব্লিক

## লাইব্রেরীগী ঈরোল

লাইব্রেরী চাওখৎহনবগী অহাংবা ভাগরবা বোদি ওইরিবা রাজা রাম মোহন রোয় লাইব্রেরী ফাউন্দেসন, কলকটাদা কৈরনা লুপা ৩,৫০০ (লিশিং অহুম চামা) থক শেলগী মতেং পীরিরকখি।

মনিপুরদা লৈরিবা নহারোলশিংদা মরুওইনা লমাই লাইব্রেরী চলাইরিবা ভোলুন্তরি ওর্গানাইজেসনগী মীহুৎশিংদা লাইব্রেরী কয়মা চলাইগনি অমসুং মসিগী কাংবা মমুৎ তানা খঙহনবা পান্দমগী মথাদা এসোসিয়সনা শিন্দুনা লাইব্রেরী ওরগানাইজেসন মেনেজমেন্টকী মরমদা ওরিয়েন্তেসন ট্রেনিং কোর্শ অমা তোঙান তোঙানবা সংস্থান নিফুমুক্তগী নহাবোল ৮০ মুকনা শরক য়ারহুনা জুনগী তাং ১১-১২ দা স্টেট সেনট্রেল লাইব্রেরীদা পাংথোকখি। কোর্স অসিদা লাইব্রেরীগী অথং অহে কয়ানা তোঙান তোঙানবা বিষয় মতাদা ত কপি তম্বিখি। হায়রিবা ট্রেইনিং কোর্শ অসি ইকাই খুম্নবা তুবিজম অমসুং বার্কসকী রাজ্য মন্ত্রি ডাঃ নিমাইচান্দ লুৱাং অমসুং এসোসিয়েসনগী প্রেসিদেন্ট শ্রীএন গৌরীধারী অনিনা মথংশিংনা চীফ গেস্ট ঃনি প্রেসিদেন্ট ওইদুনা হৌদোকখি। থৌরমতুগী রা ভাংবদা মন্ত্রীনা লাইব্রেরীনা সমাজদা মরুওইনা শিক্ষাদা পীরীবা রোল শিংদু পনখি অমসুং লাইব্রেরী চাওখৎনবা হোৎনবদা পাংবা য়াম্না পুক্নমক পাংগনি হায়খি। ট্রেইনিং কোর্স অসি ইকাইখুম্নবা শিক্ষাগী রাজ্য মন্ত্রি শ্রীঃকঃ বীর সিংহ অমদি ষ্টেট সেনট্রেল লাইব্রেরীগী চীফ লাইব্রেরীয়ান শ্রীপোৎশঙবম অচৌবা সিংহ অনিনা মথংশিংনা অথোইবা অতিথি অমদি সভাপতি ওইদুনা লেইশিনখি, থৌরমতুগী রা ভাংবদা মন্ত্রীনা খুঙ্গ গী লমদা লাইব্রেরী মশিং য়াম্না লিংখৎপগী তঙাইফদনা লৈ হায়না তাকপিখি। শরুক য়াখিবশিংদা মন্ত্রীনা সারটীফিকেট অমমম হেনথোকপগা লোয়ননা ট্রেইনিং ক্রোস অদু লোইশিনখি।

# লাইব্রেরীগী ঈহৌ

পোকপা চহি ২খক্তা ভাইরিবা লৌরিবা এসোসিয়েসন অসিনা মীয়ামগী সেবা তৌরকপদা শিংথবা য়াবা খরাইদগী চাউবা মায় পাকপা অমনি। আগষ্টকী তাং ১ নিংথৌকাবা মুনিদা "দি মনিপুর লাইব্রেরীজ বিল, ১৯৮৮" মনিপুর বিধান সভানা পাস তৌখিবা অমনি, অদুম্মা বিল অসি পাস তৌনবগীদমক্তা এসোসিয়েসন অসিনা হেক হোৎনবগী লেপ্তনা হোৎনখ্রবা লাক-খিবনি, ঙসিদি অসিগুম্বা বিল অসি হায়রা লৈরে। অমসুং মদুগী শক্তিনা লাইব্রেরী চাওখৎনরবা ভারতকী রাজ্যশিং টমিল-নাড়ু, অন্ধ্রপ্রদেশ, করনটকা, মহারাষ্ট্র অমসুং ৱেষ্ট বেঙ্গলগী হেক মথৎতা মনিপুরনা ৬শুব রাজ্য ওইরে। এসোসিয়েসননা পীখৎখিবা ড্রাফট বিল অদু মপুম ওইনা লো দিপার্টমেন্টকী ওফিসিয়েলশিংনা শেমদোকখিবদগী অতৈ রাজ্যশিংগা চাংদম্নবদা অশোয়বা অরাংপা থরা লৈতরবসু মহুনা নাকোইননা থমলগা মপুম ওইবা বিল অসিগী শক্তিনা শোয়দনমক্কী মনিপুরদা পব্লিক লাইব্রেরী চাওখৎহনবদা খোংজেল য়াংশিল্লগনি অমসুং নেট-ৱর্ক অমা থম্বা ঙমগনি, পব্লিক লাইব্রেরীগী ওইবা বিল অসিগী মতাংনা শোয়দনমক্কী মহৈরোয়শিংগী লাইব্রেরি চাওখৎহনবদসু মতেং ওইগনি, বিল অসি পাস তৌনবা হোৎনরকপদা এসোসি-য়েসন অসিনা থেংনরকপা সমস্যাশিংহুদি এখোয়গী ইথৌ ওইজরবসু মনিপুর বিধান সভাগী ইকাইখুম্নবা মেম্বরশিং মকওইনা থবক অসিগীদমক্তা হেক হোৎনবগী য়াবিরম্লবা মনিপুরগী ইতুকেসন মীনিষ্টর শ্রী যুমখম মরাংলাং সিংহবুদি লাইব্রেরী চাওখৎহনবা পাম্বা মীওই শিনা থাগৎকম থোকই, মখোয়গী মতেং নংলমদ্রবদি ওসিগী ফিভম অসি ওইরক্রমলোই, অমশোমদা এসোসিয়েসন অসি লৈরমদ্রবদি হোংলক্লিবা য়াওল অসি অসুক খুনা পুরকপা ঙমরোই। পুম্নকশিংশি ভারতকী লাইব্রেরীগী ইতিহাসতা ময়েক লানা লৈ

হৌরগনি। বিস অসিগী মতাংদা ভারতকী তোঙান তোঙানবা রাজ্যশিংগী লাইব্রেরী এসোসিয়েসনশিং, শরুাইরমা মীওইশিং অমসুং রাজা রামমোহোন রোই লাইব্রেরি ফাউন্দেসন, কলকটাদগী থাগৎ চেরোল কয়া ফংখি।

মতাং অসিদা পনবা যাবদি মার্চ্চকী তাং ২৯-৩০ ফাওবা আলিগর মুসলিম ইউনিভর্সিটিদা পাংথোকাখিবা লাইব্রেরী লেজিস লেসন ইন উত্তরপ্রদেস রেট্রোসপেক্ট এন্দ প্রোসপেক্টস হায়বিবা হিরমসিদা নেসনেল সেমিনার অমা পাংথোকপদা এসোসিয়েসন ত্রেজরর ওইবিবিবা মনিপুর ইউনিভরসিতিগীনা এসি.স্তত্ত লাইব্রেরিয়ান শ্রীথৌনাওজম খোমদোন সিংহস্ন শরুক যাকই। মহাক্না সেমিনারদ অতুদা পাথোকখিবা "লাইব্রেরী লেজিসলেসন ইন মনিপুর" হায়বা পেপর অদুবু দেলেগেটশিংনা য়াম্না থাগৎ নরকখিবগী পাও ফংই।

ভারতকী লাইব্রেরীগী মপা ডাঃ এস আর রঙ্গনাথনগী ৯৭ শুবা মপোক নুমিৎ অগস্ত ১২ দা হংম্নগুম "লাইব্রেরীগী নুমিৎ" পালন পাংথোকখি। এসোসিয়েসন অসিনা পব্লিক ইনফোরমেসন সেন্তর মোইরাংগা পুন্না শিনদুনা পাংথোকখিবা "লাইব্রেরী দে" গী থৌরমদা চীফ গেষ্ট ওইবিখিবা ইকাইখুম্নরব মনিপুরগী ইদুকেসন মিনিষ্টর শ্রীবাইঃ ইরাবোৎ সিংহনা মনিপুরদ লাইব্রেরী চাওখৎহন্নবগীদমক রুবশি দা মতেং পীনবা লাইব্রেরীগী শেনফম হৃদজেংতা চাউনা হাপলগনি তাকপিখি। বাফম অদুমক ভসিদি থবক ওইনা পাংথোকপিদুনা রুব লাইব্রেরীশিংদা রাজা রাম মোহনরোয় লাইব্রেরী ফাউন্দেসন কলিকটানা পীবা মতেংগী ষ্টেট সরকারনা পুথোকদনা শেনফম অদু ১৯৮৮-৮৯ দা লুপা লিশিং য়াঙখৈথক্লা ওইরম্বদগী চংলিবা চহি ১৯৮৯-৯০ দগীদি লুপা লাখ অনি ওইরে। মথক্না পনখিবা সংস্থাদ অসিনা চপ

# লাইব্রেরীগী ঈহৌ

মান্নবা শেনফম [লাখ অমি) অমা পীরগা লাইব্রেরীগী নমক্তা শিজিন্নগদবা শেনফম অসি সুম্না লুপা লাখ মরিনি। মসিনা ক্লবশিংদা পীবা শেলগী লাইব্রিকী মতেং হেনগৎহনবা ঙমলগনি। পুম্নমকসি এসোসিয়েসনগী মতেংনমি ১সুং মসিগী হোৎনজমল্লি হায়নিংই। দি য়ং বেলফেয়ার ক্লব লংথবাল নহুল মপানলনসু লংথবাল হায়স্কুলগী হোলদা আগস্ত ১২দা লাইব্রেরীগী নুমিৎ পালন পাংথোকখি, থৌরমঙুগী মা ঙাংবদা অথোইবা অতিথি ওইখিবা শ্রীবাহেংবম অঙৌ সিংহ, লৌউ শিংউ মন্ত্রি (মতমঙুগী বিধান সভাগী আদক্ষ) অমসুং সভাপতি ওইখিবা দাঃ এন, নর সিংহ অনিনা লাইব্রেরীগী ঈহৌ শাগৎনবা হোৎনরিবা এসোসিয়েসন অসিবু থাগৎখি মসিদা নৎতনা য়েংখোম লৈরক য়ুগ ক্লব শগোলবন্দ অবার লাইব্রেরী, কোঞ্জেংলৈকাই অমসুং লাইব্রেরী দিভেলপমেন্ত কমিটী, থাঙ্গ চৌংমৈ (কৈবুল লমজাও) নসু "লাইব্রেরী দে" পালন তৌনখি। মখোয়শিংদা এসোসিয়েসননা পুকনিং থৌগৎপা ওইনা লুপা ৫০/৫০ থক শেলগী মতেং পীখি।

ওক্টোবরগী তাং ৯-১০ দসু "লাইব্রেরী ওর্গনাইজেসন অমসুং মেনেজমেন্টকী" ট্রেইনিং কোর্স অমা ককচিংদা পাংথোকখি। ট্রেইনিং অতুদা ছত্র-ছাত্রী নগাবোল ৮০ রোম্না শরুক য়াখি। মনিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসনগী ককচিং সব-দিভিজনেল ব্রাঞ্চ হাংদোকপগী লোয়ননা শ্রী হাই, গুম্বাল সিংহ এম, এল, এ, না অথোইবা অতিথি ওইদুনা থৌরমঙ লোইশিনখি।

মনিপুরগী প্রজাশিংদা লাইব্রেরীগী কান্নবা মপুং ফানা খঙহন্নবা পান্দমগী মথাদা অতৈ ভারতগী রাজ্যশিংদা পাংথোক্লবগুম মনিপুরদসু ১বা ওইনা নবেম্বরগী ১৪২০ ফাওবা এসোসিয়েসন অসিনা শিন্দুনা "নেসনেল লাইব্রেরী য়িক" (জাতিগী লাইব্রেরী চয়োল) পালন পাংথোকখি। চয়োল পালন অসিগী মমুংদা মনীপুরগী তোডান তোডানবা মফমশিং শিংজবৈ, মনিপুর ইউনিভর-

সিটি, ককচিং অমসুং খুরাই লম্লাংনচিংবা মফম কয়াদা মীয়ামগী মীটিংদা পাংথোক্লগা লোয়ননা লাইব্রেরী হৌহোগা মরী লৈনবা চেষ্টাদা লাইব্রেরিশিংগী ওইবা মেলাসু মফম অয়াম্বদা উংখি। পাল্লন অসি মণিপুরগী ইকাইখুম্নবা হোম মিনিষ্টর শ্রী ইরেংবম তোম্পোক সিংহনা শিংজম পাংখিংবা লৈবা ইন্তুরকসনেল গাইদ সেন্টরদা পাংথোক্লখিবা থৌরম ১দা হাংদোকপিখি। ককচিংদসু এসোসিয়েসন অসিগী ককচিং সবদিভিজনেল ব্রাঞ্চনা শিন্দুনা পাল্লন অসি নবেম্বরগী তাং ১৯দা পাংথোকখি। থৌরমজুদা ইকাই-খুম্নবা এগ্রীকলচরগী ষ্টেট মিনিষ্টর শ্রী খিরমনি সিংহ অমসুং রাই থম্বাল সিংহ এম এল এ অনিনা মথংশিংনা চীফ গেষ্ট অমদি প্রেসিদেন্ট ওইখি। অতেক স্কুলশিংশিংদা স্কুল, কলেজ অমদি ইউনিভর-সিটিদা চংতুনা ছাত্র ছাত্রীশিংনা পুথা লাইব্রেরীগী মরমদা থমংনৈ-নবা কয়া পাংথোকখি। পাল্লন অসি নবেম্বর তাং ২০দা ইকাই খুম্নবা মণিপুরগী শিক্ষাগী রাজ্য মন্ত্রি টি গৌজাদৌ অমদি শ্রী এ: জয় সিংহ অনিনা মথংশিংনা চীফ অমসুং সভাপতি ওইদুনা থুরাই লম্লেং কৈথেলদা লোইশিনখি। এসোসিয়েসনগী থবক থৌ-রমশিংবু পুক্নিং থৌগংপা ওইনা চহী গেষ্টনা লুপা ৫০০ (চামঙা) থক শেলগী মতেং পীখি। শ্রী এ: জয়না মনিপুরদা লাইব্রেরী চাওখৎহল্লগীদমক এম্ব পটশিংগী ওইবা কমিটি অমা শেম্নগা মহুগী রিপোর্ট অহু পব্লিক দে কুমন্ট ওইনা বিধান সভাদা থম্নবা পাম্বগী মত ফোংদোকখি।

চহি অসিগী দিসেম্বরগী তাং ১০-১৩ ফাওবা ইন্দিয়ান লাই-ব্রেরী এসোসিয়েসননা শিন্দুনা কলিকটাগী সোলট লেকতা লৈরবা খুব ভারতি কিয়ানগান্না পাংথোকখিবা ৩৪শুবা অল ইন্দিয়া লাইব্রেরী কনফরেন্স অমসুং ইন্দিয়ান এসোসিয়েসন ওফ স্পীসি-য়েল লাইব্রেরীজ এন্দ ইনফোরমেসন সেন্টরগী ১৩শুবা নেসনেল সেমিনারদা এসোসিয়েসনগী মীহুৎ ওইনা শ্রী নংমৈথেম শ্যাম-

# লাইব্রেরীগী ইহৌ

কনহাই অমসুং শ্রী য়ুম্নাম রতনকুমার অনিনা শরুক য়ারুই। এসোসিয়েসনগী প্রেসিদেন্তসু ওইরিবা রিজনেল মেদিকেল কলেজগী লাইব্রেরীয়ান শ্রী নরেন মীবৌধ'রো সিংহসু মীফম অদুদা শরুক য়াবনা লেময়নলা এসোসিয়েসনগী মীহুং ওইনা ইন্দিয়ান লাইব্রেরী এসোসিয়েসনগী কাউন্সিল মীটিং য়াওখি। পুন্নমক অসিগী অচংবা থরচকী মতেং পীবিনবা এসোসিয়েসন্না কন্না হায়জবদগী মনিপুর সরকারগী ডাইরেক্টোরেট ওফ আর্তস এন্দ কলচরনা লুপা ৩০০০ (লিসিং অহুম) থক পীবিখি।

এসোসিয়েসন্না মনিপুরগী ইকাইথুম্নজরবা ইদুকেসন মিনিস্তরদা কলেজ অমসুং হায়র সেকেন্দরী স্কুলশিংদা মজিক চাবা লাইব্রেরী অমমম লৈহন্নবা, হান্না লৈরবশিংগী ফিভম ফগৎহন্নবা অমদি অনৌবা পোষ্ট শেমদুনা লাইব্রেরী সাইনসকী ত্রেনিং ফংলবা মীওইশিং থবক হাপ্পা দরখাস্ত অমা তাং ৩০।১১।৮৮ ইদা পীশিনখি। অমুক্তসু মনিপুরগী কলেজশিংদা লৈরিবা লাইব্রেরীশিংগী ফিভম য়েংশিনবিনবা মনিপুরগী শিক্ষা মন্ত্রী গোজাদোদা হাংজ চেরোল অমা ফেব্রুয়ারী তাং ২ দা পীশিনখি অমসুং ফেং গী তাং ৯ দা এসোসিয়েসনগী মীহুংশিংগা পুন্না চৎমিন্নবা প্রোগ্রাম্মচিংবা শেমখি অহুম ওইনমক মন্ত্রিগী থুদোংচাদবা থরদগী চৎখিদে।

মনিপুরদা লৈরিবা লাইব্রেরীদা শীনফম ওইন্নশিংনা লাইব্রেরী সাইন্সতা অরাংবা থাক্কী শিক্ষা লৌবদা থুদোংচানবা মনিপুর ইউনিভরসিটিদা মাস্তর ওফ লাইব্রেরী এন্দ ইনফোরমেসন সাইন্স হাংদাকপীনবা চে অমা মরিক চুম্না ইরগা ভ ইস চান্সলরদা পীশিনখি।

এপ্রিলগী তাং ২২-২৩ দা ইদুকেসনেল গাইড সেন্তর শিংজমৈগা থুংশমহুনা মনিপুর লাইব্রেরী এসোসিয়েসন্না সি এচ ইবোয়াইমা হায়ার সেকেন্দরিদা ওরিয়েন্তেসন কোর্শ অমা পাংথোকখি। শেক-

# লাইব্রেরীগী ঈহৌ

মাইজিন থোঙামদা মেগী তাং ৭ তা লাইব্রেরীগী ওর্গানাইজেসন এন্দ মেনেজমেন্ত কম লেকচর ওন ক্রিয়েসন ওফ লাইব্রেরী এটমোসফিয়াব" হায়বা হিবমসিদা অথঙ অহৈ কয়ানা লেকচর পীদুনা ত্রেনিং প্রোগ্রাম পাংথোকখি। ঐখোয়না প্রোগ্রাম অমমমদা নহারোল ৫০/৫০ না শরুক য়াবগী পান্দম থম্বদা মশিং হেল্লা য়াওগে হাযরকপা ১দি প্রোগাম ১/১মমদা নহারোল ৮০ দগী তাদনা শরুক য়াখিবসিনা মনিপুবগী নহারোলশিংনা লাইব্রেরীদা পুক্নীং চংই ১দি মস্থিবু চাঙখংহনবা পাম্মী হায়বসি তাকই। এসোসিয়েসন অসিনা অসিগুম্বা প্রোগ্রামশিং অসি থাঙলোক, জিরিবাম অমসুং চুরাচান্দপুরনচিংথদা পাংথে ক্লা হোৎনবি। হাল্লা এপ্রিল থা মনুংদা লোইশিন্নবা হোৎনবদা খুদোংচাদবা থবদগী থৈথোরকপনি।

এসোসিয়েসন অসিনা মনিপূরদা লাইব্রেবীগী অনৌবা যাওল অমা পুরক্রবা হোৎ-রীবসিগা ইরোইননা ইকাইথুম্জরবা মনিপবগী চীফ মিনিস্তর ১দি ইডুকেসন মিনিস্তর অ'নমকনা হৌজিক লৈলিবা মনিপুবগী সেন্ত্রেল লাইব্রেরীগী শং অসি মফম অমসুং মতমগা চ-নদ্রে অহুনা অতোপ্পা মত গা চানবা ফঙরবা লাই.ব্রবী শঙ অমা কোম্নুং লম্পাক্তা শারগনি হায়বা ৱারোল মায়ানগী নমাংদা ফোংদোকপীগ্রবনি। ঙ'সাদি ঐথোয়না থিজিল্লবদা পুম্নমকশিংসিগী ঈপাউ অমত্ত ফংবা ঙমখিদ্রে। অমরেনদা মনিপুব বিধান সভানা পাস তৌখিবা থা ১০ ফাজিল্লক্রবা "দি মনিপুর পব্লিক লাই.ব্রবীজ বীল ১৯৮৮' ঙসি ফাওবা মরা লৈনবনা অযাবা পীদনদগী ওফিনিযেল গেজেক্তা ফোংদোকপীদবা ময়ামসি সরকারগী মাইকৈদগী অথুগা মতমদা থবক ওইনা মায়ামদা উৎথোকপীনবা ১দি লাই.ব্ররীগী তৌডান বা ডাইরেক্তোরেৎ ১ থম্বীনবা এসোসিয়েসন্না সরকারদা হায়জনিংই।

অরোয়বদা মনিপুব লাইব্রেরীগী ঈহৌ অমা শাগৎলকপদা পুক নীং থৌগৎপীবগা লোয়ননা শরুক য়াবিরকখিবা ইচিল ইনাওশিং লল্লাই সংস্থানশিং পূম্নমকপু এসোসিয়েসন্না থাগৎচবগা লোয়ননা তুংদা পায়থৎলক্কদবা থবক থৌরম কয়াদসু শরুক য়াথিরকনি হায়বন্দি আশা মনিপুব লাইব্রেরী এসোসিয়েসনগী মায়কৈদগী থমজরি।

(লোইরবা)

কাংজম চাওবা, সিংহ জেনেরেল সেক্রেটরী।

# মহৈ-মশিং তম্বদা লাইব্রেরিগী থৌদাং

—এম: গজানন্দ।

লৌশিংনা পাঙ্গলনি। হায়রিবা পাঙ্গল অসি কৈদৌঙৈদসু শিজিন্নদনা থমলোইদবনি, থোয়দোকনা মসিনা কনাগুম্বা মীওই অমগী মশক লেপ্পদা হেনবা ময়েক শেংহল্লি। অসিগুম্বা পাঙ্গল অসি মখল মখলগী লাইরিকশিংদা লেংহনবগী মওংদা ফংই। লাইব্রেরিদা রিদিংগী, ষ্টডিগী, রিসার্চকী, রিফরেন্সকী অমসুং রিক্রিয়েসনগীদমক্তা পুন্সিন্নবা লাইরিকশিংবু মরাং কায়না ফংই। লাইব্রেরি হায়বসি মহৈগী মন্দিরনি, মসিগী থোংদি জাতি-বর্ণ, ধর্ম্ম-মত, নুপা নুপী, চহি অমসুং কাংলুপকী মরক্তা পীদনা থোং লাওনা হাংদোকই। হৌজিক্কী মতমদা মসি লারনিং রিসোর্স সেন্টর অমসুং ষ্টুডেন্ট সেলফ-ডাইরেক্তোরেত ষ্টডি সেন্তর ওইনা লৌনরে অমসুং মসিনা মহৈ মশিং তম্বদা শকক য়াম্রিবা ম্যাটিরিয়্যালশিং অমসুং ইক্বিপমেন্টশিং লায়না ফংহল্লি।

লাইব্রেরি অমসুং ইজুকেসন অসি অসি কোইন (Coin) অমদগী তোঙান তে ভানবা মমাইগুম অমনা অমদগী লাপনা লৈতে। ইজুকেসনগী মতেংনা মীওই অমা মশাবু মশক থংজে অমসুং অতৈ মশিং লাকওমদবা মরি লৈনবা কয়া শম্মহল্লি। লাইব্রেরিগী সার্ভিস য়াওদবা ইজুকেসনদি থবাই য়াওদবা হকচাং অমসুং ইঞ্জিন য়াওদবা গাড়িগুম্বনি হায়বদা থোয়না হায়মনবা থোকলোই। ইজুকেসন হায়বসি লোং প্রোসেস অমনি, অতুগা লাইব্রেরিনা মহৈ-মশিংবু ওমলিবা মীওইশিংদা, মহাক্কী পুন্সিচুপ্পদা লম্বকার লৈরিবা পাননবা মচাকশিংবু (লাইরিকশিংবু) পীরিবা এজেন্ট অমনি।

## লাইব্রেরিগী ইহৌ

ইজুকেসনবু মখল অনি খোকনা খায়দোকপা য়াই মতুংদি ফোরম্যাল অমসুং ইফোরম্যাল ( নত্রগা সেলফ ইজুকেসন )। ফোরম্যাল ইজুকেসনগী মকুওইবা থৌদাং পুন্নমক স্কুল, কলেজ অমসুং ইউনিভরসিটিনচিংবনা লৌই। মসিমকনা ইজুকেসন মপুং ফারে হায়বদি য়াদে মরমদি ইজুকসন হায়বসি তশেংবা সেলফ ইজুকেসনবুনি হায়না কারবোল ডিঃ নিউসোমনা চপ চানা হায়খি। পুক্নিংগী শক্তিবু শগংহনবা পাম্বনা, মীওইবনা টৈনিনা থিজিন খোংচিন তৌবগা মাগী অংকোয়বদা লৈরিবা প্রোব্লেম কয়াশিং মায়েংকনবা দরকার ওই। মহাক্কী টৈতমেন্টতা য়াওরিবা "ব্রান লার্ণস তু থিঙ্ক বাইলার্নিং" হায়বা জ্ঞানসি যাবা তাই। সেলফ ইজুকেসন অসি মীশক অমগা পোকপদ্গী শিবা ফাওবদা দরকার ওই হায়বসি ময়েক শেংনা থডনরে।

ই-ফোরমেল ইজুকেসন্না মীওই অমগী মশাগী লমচৎ শেম্না, মশানা মশাবু থাজবা, মশাবু মশক খঙজবা অমসুং থরায যাওনা হায়বশিং অসি নৈনৈ। মহৈ মশিং তম্বগী খ্বাইদগী চাম্বা এজেন্টসিংদি মীপুম খুদিংমক্তা চংই খাইদনা পব্লিক লাইব্রেরিণা ওই। সোসাইটিতি অমদা চংদবা য়াদ্রবা হায়বদি শেংনবা চানবা অমদি সমাজগী অচুম অবাংনগী থবক পুম্নমক নৈনবদা, অচুম্বশিং অতু ময়েক শেংনা পীরিবা ইজুকেসনেল ইন্সটিটিউসনশিংদা লাইব্রেরিগী থৌদাং য়াম্না চাওই। হায়রিবা টুরিন-ওব্লিগেসন অসি হৌজিক্কী সোসাইটীদা হুন্দোকপা য়াদ্রবা ৱাফমনি।

মহৈ-মশিং তম্বা হায়বসি মমাংডৈদদি মী খরতগীদমক ওইরমই। তরামাপলগুবা শতাব্দী ফাওবদা সমাজগী হুম্বা থাক্তা লৈবা মীওইশীংগীদী মহৈ-মশীং তম্বগী খুদোংচাবা অসী ইফং ফংনরম

দে। ফ্রেন্স রিভোল্যুসনগী পাওতাকপা মী হায়না খংনবা মিঃ জে: জে: রাওসসিউনা নুপীবু মপুং ফাদবা মী হায়না লৌবমই। মখোয়বু মচা মশু পোকপদা, লমচৎ শাজৎ শেমবদা, অমসুং মগুন লৈ-ককনবদা ওইনা শীজিন্নরমই। অদুবু হৌজিক্কী চাওখৎলবা যুগ অসি-দদি নুপীওইবীশিংবু নুপাগুম্না মতিক চাবা অধিকার পীরে, মসিদা লাইব্রেরিনসু অচৌবা থৌদাং লৌদুনা শোথনা লৈকনবা নুপীশিংবু লাইরিক হৈহনবদা মতেং পাই।

লাইব্রেরি অমসুং ইনফোরমেসন সাইনটীসশিংগী মরক্তা প্রিন্স (ইন্দিয়াগী) হায়না খঙনবা ডঃ এস আর রঙ্গনাথননা মহাক্কী লাইব্রেরিগী অনীশুবা লোদা অসুম্না হায় "লাইরিকশিং অসি মযাম্গী পানবগীদমক্নি"। মযামগী পানবা লাইরিকশিং হায়বা অসিনা "ইজুকেসন ফোর ওল" হায়বসি মথেক শেংনা শোইগংদ্রি। মনম অদুনা সেকেন্দ লো অফ লাইব্রেরি সাইন্সপু মথেক শেংনা চুম্না হায়না প্রমান তৌনরিবনি। লাইব্রেরিবু সমাজগী বাখল তুংনফম ফুনগী যুম, মহৈ তমফম শঙ অসিনচিংবা কয়া হায়দুনা মশক তাকনবখ্রি।

ইজুকেসনদা একাডেমিক লাইব্রেরি :—

ডেমোক্র্যাসি চৎপা ইন্দিয়াগুম্বা লৈবাক্তা ইজুকেসন চাও-খৎহনবা হায়বসি তঙাইফদবনি। মসি চাওখৎহন্নবা হোৎনবদা স্টেট গবর্ণমেন্টকী দাইত্ব য়াম্না চাওনা লৈ। ইজুকেসন অসিনা লৈবাক অমগী নেসনেল লাইফতা অচৌবা যাথং অমা পুরকপা ঙম্মী। ইউনিয়ন গবর্ণমেন্টনসু কোওর্দিনেসন অমসুং পোলিসি প্রোগ্রাম কয়া ইজুকেসনগা মরি লৈননা পাইখৎপা হৌরে। ইয়ু এস এগী প্রেসিদেন্ট জেমস মাইদেননা। অসুম্না হায়খি "পোপুল্যার ইনফো

# লাইব্রেরিগী ইহৌ

রমেসন লৈতবা পোপুল্যার গবর্ণমেন্ত অমদা অহ্রা অনা কযা থো কহনবা নত্তনা করিস্থ ওইদে। জ্ঞাননা মতাপুরদা ইগনোবেন্সপু মাংহনগনি অমস্থুং মীওইশিংনা জ্ঞান অসিবা খুংলাই ওইনা শিজিন্নরগা মখোয় মখোয়গী খুদোংথিবা কয়াহু ডাকথোক্কনি"। ঐখোয়গী লৈমৈ জবাহারলাল নেহরুনা লাইব্রেরি হায়বসি পৃথিবী-গী জ্ঞানগী শেংজেনি হায়নস্থ পনবীখি।

মীওইবগী পুন্সিদা রাখল চাওখংহন্নবা অমস্থুং মশানা মশাবু জ্ঞান লৈবা মী অমা ওইগে হায়ববদি লাইব্রেরিক য়াম্না পাবা চংই। হায়নিবা জ্ঞানশিং অসি ফংহনবদা লাইব্রেরীনা খোদাং য়াম্না লৈরাব ওই। লাইব্রেরিগী মকু ওইবা অসি পি দব্লিউ দিনা শেমগং শাগংলিবা থবকশিংদা চংলিবা চংদ্রব য় দ্রবা চেকশিন খোরা অদুগা চাংদম্নবা যাই। অমবোমদা অমুক লাইব্রেরি হায়বসি হজু-কেসনগী চংদ্রবা য়াদ্রবা শরুক অমনি হায়বদা হায়মনবা লোক লোই।

হৌজিক্কী মতমদা ছাত্রশীংনা মশা মশাগী বীষয়দা হায়ার কোলেজ তানবদা টৈন্দর বুকশীং অমস্থং মখল মখলগী রীফরেন্স বুকনচীংবা নৈনবা চংঙ, হায়রীবা মচাকশাং অসী লাইব্রেরীদা ফংই। মতাং অসীদা পঞ্জনীংবদী সেন্ত্রেল স্কুলদগী থোবকপা অচৌবশীংনা অতৈ ( জেনেরেল ) স্কুলগী অঙাংশাংদগী হেন্না আশা তৌঙ অমস্থং হেন্না ভাব তাবা ওইনা উই, মসীমক লাইব্রেরীগী কেন্দ-লীতী অমস্থং টীচীং কেসীলীটী হেননা কৈতংগীনী হায়জনীংই। লোযননা লাইব্রেরী য়াওদনদী ঈজুকেসণগী অফবা প্রে গ্রাম পুরবত্তুনস্থ মদুগী নতীকচাবা ফল ফংবা ঙমলোই। লাইব্রেরি

